# CHOYJAINARAPA LEIRANG

a collection of Manipuri poetry

by R. J. Meetei



# কচ্চবা

লাই ওইশ্রবা,
কচ্চরি ইপুবোক্কী মথুম্নাদা
কোম্রোয় মিংলেম্না
ˊকালা মীংথৈনবা
থুংথেংননা লৌশিনবীয়ু
পংলবা নশুগী
লৈকংশে, লংনবীদনা ।

নত্ত :
আর জে মৈতৈ

# ৱাহৈ খরদং

আর জে মৈতৈগী কবিতা খরদং খোমজিল্লবা 'চোয়জাইনরবা লৈয়াং" হায়না মিংথোন্দুনা পুথোকচরিবা অসি কনাগুম্বা অচৌবা কবিশিংগী মতৌ তম্বা অমত্তা য়াওদে, মরনাইগী, মথন্তুগী ৱাখল্লগী থোকলকপা অমম্বুং মশাগী ওইবা থোক্লোক ওক্কনি। অদুনা অইংবা নুংশিবা থোক্লোক খরা তাবা ফংই। থম্মোয়দগী থো'রকপা ইথিল-ইহৌ খরা থোরকপদা নুংঙাইতবা লৈতে। মশিনা ইহান-হানবা পুথোক্নি; ঈচেল অনৌবা লাক খিগনি। মীগী মতৌ তমদবা মথন্তুগী ওইবা ওয় পু থারকপা য়াম্না নুংঙাইনিঙাইহনি। মথন্তু হৌজরকপা পাম্বী থোনবদা নুংঙাইবা নুংশিবা অহু পোকলকই লম্দম অসিগী ওইবা ওয় ছন্দ খরা য়াওই, মশানা তাবনি। অদুবু ঈশৈদি মশাগীনি।

মহাক্কী কবিতা খরা অসি থম্মোয়দা থোরকপা থিংবা লৈদবা ইহৌ ওক্কনি। মশিদগী অহুমক উবা ফংই, মহাক্কী ঈফুৎ লোয়রবা লৈরোই। অনৌবা কবিতা য়াম্না থোরকদবা মতুং উই। থোরকখিগনি।

সমরেন্দ্র

২৫।৫।১৯৯২

# নোঙ্মু কচবা

পাংজদ্রবগী খুদোল "চোয়জাইনরবা লৈরাং" ওমজরি সাহি-ত্যাবু মুংশিবীবশিংগী মফমদা। করম্বা লৈরাংনা হৌরগা, করম্বা লৈরাংনা লোইশিন্দুনা লৈচল-লৈচা ওংকনা লৈরাং পরেং চুম-গদগেস্নু খংজদে। সাহিত্যাবু মুংশিজরুবমক্তনা কচ্চরি পরেং চুমদ্রবা লৈরাং পরেংশে। সনা-লুপাতনা থাম্লবা, চরৈ নমলবা তাবুনুঙদা লঙজমতনা লঙফেল-লঙযুং ওইবা চরৈ অমা তাবদা করম্বা শকহেনবী মুজানা চরৈ-ফীথোন্নবীগদগে। অহুবু সাহিত্যাবু মুঙশিজরুবা অমগী খুদোলনি খন্না অমুক্তদি মিংয়েং তাবীয়ু।

মতম অমদা লৈ-লাংজরম্বা, মিং ওইনা পঙ্গরবদা ওজা ইবুঙঙো লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা চিল্লবা থৌঙ্গায় কয়াবু হুন্দোকপিহুনা অশোয়-অবান য়েংবিবগা লোয়ননা রাহৈ খরদং গাপচনবগীদমক্তা পীবিরকপা অসিগীদমক্তশু ওজা ইবুঙঙোগী শিংবা ওমলয়োইদব লমন অমা তোনশিঙ্গরে। তেল্লবা মতমগী মনুংদা পুথোকচনবা হোৎনজবদা বনানগী হায়নিঙঙাই লৈতনা অশোয়-অরান য়াওখ্রে, মসিগীদমক্তা পাবীরিবা শাবীর্রিবীশিংনা তাকপীনবা নিজরি। লাইরিক অসিমক পুথোকচনবা হোৎনজবদা মক্লবা তেংবাং কয়া পীবিরকপগীদমক্তা ইরুপ-ইপিজা পুম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল উৎচরি। লোয়ননা তেল্লবা মতম অমগী মনুংদা পুথোক্লবা হোৎনবসা অম্না অনা থিদনা হোৎনবীব্রবা এস: এম. প্রেসকী খৌ-পুবিরীবা/পুবি-রীবী খ্বাই পুম্নমকপুশু থাগৎচরি।

অইবা:—

আর কে মৈতৈ

# লমাই তাকপা

---

# চোয়জাইনরবা লৈরাং

চোয়জাইনরবা লৈরাং

তারি চোইনা লৈরাং
লৈকা পুম্বা কাইনরনা
শোরোক য়াম্বী মথক্তা ;
তাইবঙ করি পুকচেলনো !
অহুক নুংশিবা থঙদবা
লৈকা-শেংনা চোইনা
নুংশি থঙদনা চথায়বিবা ;
ফীজোলতনা মমল লৈপনবা
শাবি-শানৌশিংগী
মমল য়াম্নবা খোঙগুপনা
নেং-নেতুনা চংখিবা !
কবম্না য়েংশিগে ইমিংনা

লৈরাং নংবু

ভেংথারিত্রা,

লৈরাং নংবু অহিক্নুনা !
তাইবংগী চংনবিনি মসিদি
লৈখোক্তা লৈরিভৈগী মতমদতা
মমল য়াম্বা লৈরাংগী পুন্সিনি

নোংমা নংনা পোমলিঙৈ
লৈথোক 'মত্তগী নচেন্না
লৈশাং তম্বা উরগা
নদোম খোয়রাংজখিবা
নিংশিংলিব্রা চোয়ম্নবী
লৈরাং লৈকা মল্লবী
মতম অত্থুনি মুত্তাইবদি
মুংশিব্রা থক্মায়দা থল্লুবদা
মিৎকুপকি পুন্সি 'সে
তাংনা ফাবা মপোকশে
অরোয়বা মতমশে য়োবদা ;
মমল য়াম্নবা লৈরাংগী
অমুক্কনা পোল্লোইনি।

ঈশ্বরগী হৈকৎ-লৈকত্তা

চিংথবা য়াদ্রবা লৈরাংগী
'মুক্কনা 'রোক্টবনি !
পেলহেদোদে পুন্সি লম্বিদ
হনা চৎলুবা য়াব্রা !
অমুক শাংকে ত্তমব্রা !
লৈরাং লৈশক্লা হেল্লিঙৈ
লৈরাং লৈনম্লা চেল্লিঙৈ
লৈয়াং মংবু হেক্কুনা

নাপগী নাচোম ওইবিখি
মুংশি খুদোল তম্নখি।

অহুবু—

মাংবা নাইবা নিংথিবস্পু
ওসিদি লোইমক মাংগ্রে
কদায়দনো মকম খণ্ডনা,
অরোইবা মতম্না য়ৌবদা
পংথ-খুইথরবদা মিংকুপ 'মতং
নংবু নাচোম ওইবিরগা
নিংথিবা লৈশক্না মাংগ্রবদা
লৈরাং লৈনম্না লোইরবদা
ওসিদি নাপদগী লোথোক্কুনা
সরক য়াম্বি মথক্তা
লৈরাং নংবু লংথোকপিরে
লৈকা চোইনা তাহনবিরে!
লৈশক-লৈনম্না লোইবদা
'রেম্বনি লৈরাং 'বেম্বনি
লৈরাং নংগী খনবদা
অরাবা ফৌবা ঈপাক্তা
থম্মোয়শে ঈরাক্লরেদো!
লৈকা চোইরবী লৈরাং-ও
তিনখ্রো মালেম লৈমাইথক্তা
মসিনি তাইবংপান
মসিনি মহৌশা।

# ঈশ্বরগী ভক্তি

ঈথক্না ঈহৌরে! ঈপোম্মা ঈরাইবে!
হকচাংনা মশ্বরে! থরাইনা চোকথবে!
লৈশক্না শাম্লক্লে, লৈকানা মল্লক্লে,
লম্বীস্ত লোইবক্লে, ঈচেক্তসু থম্লক্লে।

ইবুঙোগী থোঙ্গলবু, করম্না থিশিগে?
নহাক্কী লম্বীবু, করম্না ফংশিগে?
থম্মোইশে খোইরংলে, তপথবা য়াদবে,
পুক্লিংশে তনিক্লে, ফংডম্লবোইদ্রা খল্লক্লে।

লৈকবু হুনবীবা, লৈপালবু থাবীবা,
লৈবাংবু লিংবীবা, শিঙেলবু চুকথাবীবা,
তাইবংবু য়োকপীবা, মাল্লেমবু লৈশেম্বা,
তাইবংবু শিম্বাবা, মাল্লেমবু শিন্তাকপা।

কোরৌনা থোনাইব, থাজনা থোইনবা,
শজিক্না থৌপাংবা, থাবানা থৌপুবা,
প্রাকৃতিবু ফিহোংনা, নখুৎনা শেমজরি,
তুরেলগী ঈচেলনা, শিম্বাবু পাংজরি।

য়াকাইবা মতমশে, শাৎকাইরক্নি লৈরাংনা,
কোল্লোইবু শোল্লিশে, অপিকপা চেল্লানা,
লেরাংগী লৈকাদা, খোইমুনা ঙংজরি,
নহাক্কী শিম্বাদা, তাইবংনা শিম্বারি, ।

করম্না কংশিগে, নখুয়া থম্বালবু ?
করম্না শি শিগে, নহাক্কী লমনবু ?
করিবু থৌইম্না, নম্নাইবু পেনবীগনি ?
কবিবু পাংজনা, চোখোনবু ফংজগনি ?

অচিকপা মফমদা, ইবুঙোবু নিংজোরা ?
থৌরাংশিবু পাংবদা, নহাক্না পেনবীগদ্রা ?
থম্মোইনা পেনবীগদ্রা, কোল্লোইদং শকপদদি '
মহাক্না চানবিগদ্রা, মিংথৈদং শোনবনদি ?

চবৈশে থারশি ! অনৌবা হোংলশি !
লৈঙাংবু শেৎলশি ! হান্নগী লংথোক্লশি ।
ককচবি চিঞ্জাক, তৌজরি বর্ত,
পেনবীব্রা মশিবু, খোইদাবীবা করিবু ?

পামজদে য়ারোই, য়ারোই পামজদে,
অমত্তনা য়ারোই, ইবুঙোনা পামজদে,
লম্বীশে নত্তেনে, ইবুঙোনা পাম্বদি,
অমত্তা নত্তেনে, মহাক্না খোইদাবদি ।

চোয়জাইনরবা লৈরাং

কাম্নবা তৌরম্মু, মীওইবা জাতিগী,
নাথৌনা উৎলম্মু, তাইবংদা নংগী,
মদূতবু পামজৈ, মশিংতনা পেনজৈ,
মচুঙনা ফংজৈ, খুয়া থম্বাল।

মহাকীদি লৈজদে, মহাক্তগী অপেনবা,
তাইবংগী অপেনবনা, ওইজে নহাকীসু অপেনবা,
পৌরোন শংল্লে, থোংনা হাংল্লে,
মাংদা লৈরে, লম্বীশে উরে।

# মী উবদা লাই চেল্লে

মী উবদা লাই চেল্লে,
মী উবদা লাই কিবে,
মতমগী 'ঙাওবা ঈচেলদা
নুপানা শম্নাং থাক্লা, বেনি লোন,
নুপীনা তুবৎ শমককপা,
মথক-মখা ওন্নবা।
জর্দা চংথাম শাইনা লেম্নবা
খোজাও শেংপনা পকচবী,
অহিং-নুংথিল খওদনা
অনিংবা অপাম্বদা চৎমবী,

মী উবদা লাই কিরে
মী উবদা লাই চেল্লে।

কালগী হিদাক থক্কুনা
মতমগী হল্লৎ খওবা ইবুঙোনা
অহিং নোংয়াই মতমদা
লাওনা-খোঙনা চৎপদা,
লম্মোং অহুম ফাংবদা
অহিংগী তম্ন-লাইশিংনা
লাই খুন্দিম্নরম্ববু,
অকিবা খোনজেল তাবদা
লাই খুন্দিম্নবা কাইহ্নুনা
মাইকৈ খওদনা হোৎনশ্রে,

মী উবদা লাই কিরে
মী উবদা লাই চেল্লে।

লাইনি খুরুম্নবম্বা থাজবু
মথক্তা কাখৎপিরে মীওইবনা
কল-কার্খানাগী খোনজেলদা
এটোম বোমগী মৈরিক-মৈথুদা
খাক-লাওবা খোনজেলদা;
হাইড্রোজেন বোমগী শক্তি
নিউক্লিয়ারগী মশৈ-মপৈ

মিংকুপ্পা ঙাইবংবু লোইশিনবা ওস্বা.
পুম্নমক উবদা লাই কিরে,
মৌপুম খুদিংমক লাই-থিরক্লে
লাইগী মশক য়েংনিংলক্লে
মী উবদা লাই চেল্লে।
অহিং অমম-অথেংবদা
যু ঙাওবনা তম্নবা নত্তনা
তম্ন লাইনা তম্নল্লে,
মী উবদা লাই কিবে
মী উবদা লাই চেল্লে।

## তিঙ্খাংগী লম্বী

উরি মীংমাংদা লম্বী অশে
তিঙ্খং-ভুম্বোত্তনা থল্লবা
খোং থাফম য়ৌনা লৈত্রবা
চত্তুবস্নু য়াদরী লম্বী 'শে।
খোঙফম খুদিং তিঙ্খং থক্তা থারবা
উনা-উন্না নেংলবা, নেত্তুবস্নু য়াদ্রিবা
খোংথাং খুদিং ঈফুৎ ফাওরক্লবা
চেহ্নখিবা ঈতনা ঈতেল নাইরক্লবা।

হু, কাৱবা তিঝাংগী চৈশাবু
থা চিক্কুনা খাংজখা
থাং-থাংহুনা লেপ্পুনা চৎলি
তিঝাং অমগী মথক্তগী তিঝাং অমদা।

তিঝাংগী লম্বীদা চৎলিবা
লাম্বোক্তুমা লাকখি ঘাট কয়া-কয়া
চিংজাও কয়া লোমহুনা
পাং-ভুরেল কয়া লান্দুনা।

বশন্তগী নৈকোল কয়াশু তুংওইনহৌরে,
রাকচিংগী পামেলশিংশু লাপহৌরে,
অতিয়াশু পুর্নিমানা কয়ামক লৈতেংখ্রে,
থাশিগী মাইখুমশু মশিং নাইদনা
উপখ্রে।

চৎলি অসুমক লেপ্প-নৈতনা
তিঝাংগী লম্বীদা,
পুন্সিগী খোঙচৎতা,
নোং-ভানবদগী মুমীৎ তাবা কাওবশি
লমশাংদা।

চৎলি তিঝাং অমগী মথক্তগী 'মখা,
চেহুখিবা ঈগী ঈকুৎনা

হিকথয়ে হকচাং কয়াৎ পূবা
চোকথববা তুরোই-ঙানলোইনরবা
হকচাংনা চৎলি ;
সেন্তনা লমথুংফম য়োম্নবা
তিখাং অমগী মথক্তগী তিখাং অমদা

নেৎ-মেত্তুনা

## নশুংলাংগী ঙাওনরে

য়াহৌষদগীনা য়াহিপ্নফাওবদা
নংগী য়াবীভমা য়াওইবা
ঙাংনরি-শক্লরি নওতগী,
চেল্লি-চোংল্লি নওতগী,
হাৎনরি শুন্নরি নওতগী,
কমখ্রেনা নওগী নশুনশে ;
চেনা শাবা শেল ।

নওতনা থরাইনি,
নশুংলাংগী থরাই কয়া কেম্নরি
ইজৎপুম্নু নওনা কনবা ওন্মী
থরাইবুমু কনবা ওমই,

ওইহনবা [illegible] লম্তাক্কা
বিক্কারীবুস্থ [illegible]
কল্লি যুগকী শেল।

লেন্না গী লৈখোঙদদি
নঙগী নংগুন লৈতে
লুপা চবুল লৈখোঙদা পৈন্থনস্থ
লৈরাং পাম্বীনা তেথত্তে;
কুমগী নোংজু লাক্কুনা
লাইজ খিকফেল ফংবদা
লৈপাল শাহৌ ফরকই
মোমোন্নবা লৈশাং তম্লকই।

সুপাগী শুমহৎল্লাইনা শুমহুনা
অঙাওবা ওইহল্লবা মীওইবা,
অচুম অরানস্থ কাওরবা
খঙবিয়ু মসিমতং খঙবিয়ু
পুন্সিদা পকখিবা
ফত্তবা মদনাম গী তেঙ্গাল্লিগু
লুপানা চামথোকপা ঙমদে,
অন্তুগী মতমনা ওইরক্লবদা
পৈশানা থল্লাইবু কনবা ঙমদে
মসিমক্তং মিংশিবিয়ু 'পেম্মাইদবা'
মসিমক্তং নিংশিংবিয়ু 'মীওইবা'।

# খুরাই শেল্লু মীওইবা

চাওখৎল্লে তাইবংপান
চাওখৎপগী পন্দোন লোয়ে
করিবু হেন্না চাওখৎনিংঙাই লৈবিবগে
ঈশ্বরনি খুৎশৎনরম্বা থাজ য়েংনা
রোকেট তোংহনা বাক্কিং চৎনরবা
মীৎকুপ্তা তাইবং শিন্না কোইবা চন্নবা
খুত্তা তাম্নগা চাবা য়ারবা ;
অদুবু চাওখৎ–চাওখৎলক্লগা
থম্মোয়দি হেন্ন–হৈন্ন পিকশিল্লক্লে
খুরাই শেল্লু মীওইবা ।
নশানা থাকচবা লাংদা
নশানা খুজহনা অরাবা নংজনি
হৈমন–শিংমন পশিং থোক
ঙক্কবা ওমদে মীওইবা
নশাগী য়াইবি থরায়বু
নশানা লোগে হেমশিংবা
মিতু কয়েম্নারবা অশিংবা,
" শান্তি ", " শান্তি " লাওনা–লাওনা
মিউক্লিয়ারগী খুৎজু–খুৎলাইশ :

শাবা, পৈবদি লেপত্রিবা ;
লৈভাং শেৎপা মুমিশা
ফীনুংনা নেংমৈ য়েপ্লিবা
নোংমদি শোয়রোই পৃথিবী
মচেৎ তানা কিম্ববা
মতমমহুদদি কনাম্মতা লৈহৌরয়োই
নিংশিংবিয়ু মীওইবা
খুরাই শেল্লু মীওইবা।

## শিরোই লিলি

শিরোই চীংগী চিংদোলদা
লৈকা-ফন্না শাৎলিবী,
লিরি হুম্বা মালয়ানা
পুংলোন তাম্বা ওইহনা
লৈরাং জগোয় শারিবী,
অতিয়াদা পাইবা লৈচিলবা
লৈরাং লৈশঙ্কা ভাওহনা
নন্নাক্তা কুম্নকে থৌরাংলি ;

তাইরং-পানবা পুম্নমক
ফজবগী মনাক নক্লিংবোই।
মালেমতা তমজবী মাইথোংনা
ইকাই শন্থম লাংত্রা ?
নত্রগা মগুন হেনবশিংগী
মাইথোংনা লৈমাই তমজত্রা ?
মিচিক মিরাওথোল তাদ্রবা
তাইবং থোঙ্জেলনা য়োউংদ্রবা
তাম্নবা চিংগী নাপোমদা
লৈরাং-লৈশাং তম্বদি
হাইয়ু লৈরাং করিগীনো ?
মানা-মানা নিংবতনা
অচুম্বনি খল্লবা তাইবংদা
মশক মগুন য়াওদনা
মশানা মশাবু থাগৎচবা
তাইবং মীওইবা মরক্তা
চুমই, লৈরাং নংনা শাৎনিংলোই
মশানা মশাবু নিংথৌ শেমজবা
তাইবং মীওইবা মরক্তা
লৈরাং লৈশাং তম্নবদি
মশাগী স্নেংদনা নোক্লগনবা
মাওইবা হায়বা জাত্তুগী

নাক্রা মৈশা লাংগনি,
তাথিবা মীংয়েং লাক্কনি,
লৈবাং চিংদোন্দা লোৎপ্রা ?
চাইবং মীওইবা মরক্তগী
লৈবাং লাপনা চেংস্থাক্তুনা
চেংগী নাপোমথক্তা শাৎলম্বলি
লৈনাং লাইবক ফবনি।

নংত্রবদি হে ! লৈবাং,
কল্লক থম্বন চাওবা
মীওইবা শমাজগী
কল্লক মৈশা লাংবদা
লৈরাং লৈনা কংলমগনি
নংত্রগা লৈরাং ফুক্তুনা
কালেন মৈশাদা লংথোক্তুনা
লৈরাং-লৈশক মা লমগনি

শর্গগী 'মত্রাবতী লৈকোলদা হৌবা,
ইন্দ্রগী লৈকোন্দা শাৎপা
লৈবাং লিশীং মরক্তগী
লৈচেৎ-লৈক তারক্তুনা,
মালেম লৈইদা তাবদা,
কুমগী মতম ওইদুনা ওইরমগনি ;
লৈরাং-লৈশাৎ তম্লকপা।

প্রক্রিতিগী খুৎকী খুৎশেমদা
অচেনবা তুরেলগী ঈচেলস্থু
হৌনিংবা মফমদগী হৌরকশন্নু
চেন্নিংবা মাইকৈদস্থু চেন্নশন্নু
তিনমীন্নৈ ঈপাক 'মতদা,
'চৌ পীশক খাইদনা।
মীওইবদি অদুগুম্বা ওইদেদো
নমু অনি পোল্লোয় থ্নৌনা
লেঙ্গোন্নবা ঙমদেদো!
অহুমক্লা তাইবং শেম্বা মহাক্লা
শিবা নাইহনবীরকপা ওইরমগনি।
প্রকি্তিগী ঈচেল পুম্বদি
ঈচেল খম্বা নাইদনা
যুগ কয়াদগী চেম্বরক্লি,
ওশিন্থু লেপ্তনা চেম্বরি।
তাইবং শিন্না ঈচেল তমম্বুনা
মাল্লেমবু লৈহাও চেলহল্লি:
তাইবংবু কান্নবগীদমক্তা
মশাবু কৎচবা ঙমজবা
কল্লক্তবা ঙমজদে।
থংনা উন্নত্রবা চিংদোলদা
লৈরাং লৈশাৎ তমম্বুনস্থু

# শিরোই লিলি

লৈরাং নঙন্না হেন্নবিকনা
নঙবু থিবা লাক্লিদো।
নঙবু মীহৌবা কনানা
লৈরাং নউ যুক্তুনা
শহরগী গম্না ময়ক্তা
লৈরাং নংবু থাম্নি-এ,
হৌম্মোই-এ,
লৈরাং লৈশাং তমলোই-এ;
চুবা, লৈত্রবা মীয়ক্তা
লৈরাং মামা তমজদে।
য়েংঙু, লৈরাং য়েংঙু;
চিংথাদা ভৌরিবা মন্নামসে,
লৈরাং খোজুল লিহুন্না
নঙগী নম্নাক্তা লাকপনি;
লৈশক-লৈচুনা লৈপাক্কী।
নংগী নতিক-নঙনবু
নঙনা শৈশককনা নহেদো,
শকহেনবা, অথোয়া
চিংগী চিংদোন্দসু লৈশন্নু
সমুদ্রগী ঈরোমুংদু তানশন্নু
তাইবং হুপনা লাজুনা
নঙগী নম্নাক্তা লেন্নলি,

হে মরুপ শকহেনবা!
মীংচৎপু নঙনা থিব্রা ?
নঙগী নগুনতনা লৈবয়া
মীংচৎনা নঙবু থিরকনি
লৈরাং নঙনা তাক্লিদো ;
শিয়োই চিংগী চিংদোন্দা
লৈরাং লৈশাং তম্লিবী ;
শিরোই ওংবী লিলি-ও।

---

# চিত্রকার

চিত্রকার, য়েকপীয়ু
ঐগী লাই অমত্তং ;
মনুংগা—মপানগা খেৎনদবা
মপাম্বোংতনা মশক লেপ্তবা।

চিত্রকার য়েকপীয়ু
অহুগুম্বা লাই অমত্তং,
অচুম্বগী বীচারদা

নঙগী ঐগী নাইদবা ;
'ছুগুম্বা মথলগী মচুঙনা
লৈতেং ওইবীমু থম্মোয়মুনী ।

চিত্রকার, য়েকপীগমু পামজদে
শংবীগমু 'ছুগুম্বা মচুনা মাইথোংদা;
মপাম্থোংতা কমবা ;
পূর্নিমা থাজগুন তরংবা,
লমচৎ চুমদবী মুপীগুম ।

চিত্রকার, য়েকপীমু
ঐগী লাই 'মডং,
মপান থোংগী য়েংদনা
মুদা 'শেংবতনা লৈতেংবা,
লৈতেংবীমু শমাজগী থমবা ওম্বা কোয়া ;
'ছুগুম্বা লাই অহুপী

# লাঁনঙম ফিরাল

মশিং থিবা ঙমদ্রবা
য়েক্লবা মরক 'শিদা
লান চংলক্লি লানফমশিদা।
খুৎল ম 'মত্তম্ন ম্নাওদনা;
করমত্তৌনা লানথেংন্নগনি।
খুদোং থিবনা তুংইম্নরি
ইমীগুম্না মতম্-পুম্বদা ইতুংদা;
য়েক্লবশিংতনা কোয়শিনখ্রবা !
লানফম ময়াই অসিদা।
খুদোংথিবগী মপৈ-মপৈম্নী !
খুদোংথিবা কয়া হৌখ্রে,
কয়া অমা লাকখিনি।
তাইবং লানফম 'সিদা।
খুৎলায় ম্নাওদে নিংহনা
মাই পাক্লরোয় খন্দুনা
শিবা চাইদুনা লেনগদ্রা ?
মহুদি পাংদবগী রাখলনি,
অরাবদি শোয়রোই লানকমনি।

শিন্নবগী লাকপা মত্তে,
ঐখোয় লানফম ময়াইসিদা ।
থেংন্নগদবনি শিত্রিকাওবদা,
ঊরিক অমা লৈরিফাওবা,
হোৎনবা কনবা মখোয়শিংদুত্তবু
ত:ইবংনা শোটৈ মহৌশানা ।
করিগীনো ফুম্বংন্নবা লৈরিবা !
লানফম ময়াই অসিদা,
খুঙগু নহাক লাম্নীনি ;
ঈশ্বর মাহক্লা থারকপা ।
মাইপাকপত্তা লাইশোন ওইগনু,
হোৎন্নবত্তা কল্লু শোয়রোই
ফংগনি সনাগী তকমান ।
নঙবু থারকপা ঈশ্বরনা
নঙগী করিস্থু ব্রাৎহনবীরক্তে
মাইপাকপা হাইবা 'হনা
নঙগী হোৎন্নজমন্ন 'হুগী
চাংগী মথা পোনবনি
তনগনু, 'তনবা য়াদোকউ
'তনবমা পুন্সিবু 'রেম্বদা
ক্লোফিলং কাহনা মাংহল্লি ।

'অতুম্বা নোংশাগী মথায়াত্তা
শজিনা থক চোংশিন্দ'।
নঙনা পামজবা লম্বীদা
নঙগী মথৌনা উংলম্মু।
ঈশ্বর লৈশু মিংপুন্থ,
নঙগী মাইপাকপা 'তুগী
ঈশ্বরগী মফমদসু য়াম্নোমলুম্ন,
নিবদি মহৌশানা ফংগন্দে।
হোৎন্নবত্তা কল্লু লেপকনু
নঙগী হোৎনজমল চাং-চান্না
নঙগী খুৎশুমল ফংগনি।
হোৎনবা কনবা মহাক্তনা
লৌশিংগী থাংশাং ফংগনি,
অহুগুম্বা থাংশাংহ ফংলবদি
তাইবং লানফম ময়াইশিদা
নঙনা মাইপাকপা ওইগনি।
তাইবং লানফম ময়াইশিদা
শিরতবু ঙাইহনা লৈরিবা
হে! পাংদবা লাম্না,
নঙগী 'রোয়বা হুমিৎতুনা,
নঙগী কোম্রোয়গীন্নু অরোয়বনি
নহাক হিংলম্মী কাওগ্রনি।

তাওবা ’মা ভুবগুম্না
ফুমজিল্লগা লোয়শিনখিগনি
তাইবং কন্নানা খংবীদনা।
হোৎনবা কনবা, তন্দবা
তাইবং মখোয়শিং ’ছুবুদি
’হিংনা থেংল-থেংলগা,
শজিক-থবানা মঙাল
হেন্না-হেন্না লৈরকপগুম
হেন্না মঙাল লৈরকনী,
যুগ-যুগ খুদিংমক্তা
মীংচৎকী পাম্মেলদি কংনাইদে।
থারম্মু নংন্থু অহুগুম্বা পামেল
য়ুংলম্মু নংন্থু ‘মীংচৎকী ফীরাল’।

---

# শৈরাংজবা

করিমা তৌবিমল উৎকনি !
করিনা মীৎনুংশি উৎকনি ! কথোকপিরম্নবা পুন্সিহুগী,
থম্মোয়নুংগী রাহৈ অনি-মরিতনা শৈরাংজরি ;
শেংলবা থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা
প্রেমগী ধাবা অসিনা তৌবিমল উৎচরি ।
ইংনা চিক্লবা অচিকপদা, নাইতোন ভুম্মিনা ফমখিবা,
সংশারগী হরাও নুংঙাইবম্ন শরুক ফংখিদ্রবা !
মীওইবা জাতিগী নুঙাইনবগীতা খনবদা,
অনৌবা কয়াবু পুথোক্লবা হোৎনবদা ;
রাখলগী ঈচেল পোথাবা লৈখিদ্রবদা,
হোৎনবা কনবগী নপাল্জতনা নখোয়গী
ভাইবংনা নশেক-নঙাল ফংজহৌরি ;
গ্যানগী নম্বো চাওজহৌরি, মীওইবনা ।
চিক্লবা চাংয়েংশংগী, পিক্লবা কাম্নুংদা
কোরৌ কয়া হৌখ্রে, থাজ কয়া রাইখ্রে ;
কুমজা কয়াম্নু লোনখ্রে ; ফংল্লে, ফংল্লে
হোৎনবা কনবগী পোৎখদবা ঈচেলদা,
রেডিও, টেলিভিজন, জিপ-কার, এরোপ্লেন ।
তুম্বা চাবা কাওহনা রানা পুথোকপিরম্বা,

পুখোক্ন‍া ওন্দিরম্বা খুদোল কয়ানা
মুঙাইজহৌদি তাইবং মীওইবা জাতিনা, মংশারদা,
নাইতোম পাম্বা পুন্সিবু, নোক্লচাওবা
অঙাওবা তাইবং পানবনদি
'অঙাওবনি' হায়নদুম হায়রিখি, মতমদুদা।
ওশিনা নঙালমা ঙালহৌরি তাইবংপান !
তৌবিমল খঙদবা কাওজল থিবা মীওইবনা
খুদোলশিংদুবুদি লোইহৌরগা, নখোয়বুদি কাওথিরব্রা !
পাংত্রবগী মুক কংলবা খোর্জৈদা
ময়েক শেংত্রবা, রাইহ্ অনি-মরিদংনা লৈরাংজরি ;
থম্মোয়মুংদগী হৌরকপা প্রেমগী ধারানা ;
মীমুংশিগী শেম্প্যাকথক্তা হাপচদুনা,
কচ্চরি, লৌশিনবিয়ু খুৎথেংনদা।

# খোঙফম 'মা

খোঙফম অমা, মমল কয়ানো ?
খোঙফম অমগী মমল
কনানসু লেপ্পা ঙমদে।
খোঙফম 'মদা
তিংথাং পক্কা থারকহনা,
তিংথাং যুবা ! মহুকাবসু ওইথোকই !!
খোঙফম 'মদা
মাইপাকপগী লমজেলদা
মাইথিবসু কোঙ্গাইদ্রি।
নাল্লবা পুন্সিগী
অকুৎ-অতোং লম্বেলদা
খোঙফম 'মা, মতা চাহৌদবদা
ভুশিনবসু ময়াওই।
খোঙফম অমা চাওখৎপদা
অথোয়-অহেন তাম্নবা ;
মাইপাকপগী লমজেলদা,
পুম্নমক্কী থোইবা ওইহনা.
ঙকসমদা সনাগী তকমান
হুকপিবসু মওইথোকই ;
খোঙফম অমা !

# লৈপাক্লৈ

কালেন থাগী থাজিন্দা,
পাং ভুরেল কংলকপা !
নোয়মা চাউনা চেল্লখা ঈচেলনা,
ঈচেল মমাং কংলকপা
তাইবং পানবা পুম্বনা
'রা হুইদোং লাংলকপা !
'তিয়াদা পাইবা লৈচিলমা
মাল্লেমবু অণ্ডাওবা ওইহনবা
তাইবং জিব পুম্বনা
'তিয়া মকোইদা য়েংহনা
নোংগী নোংজিক তাইরকপা!
হৈরাং-লৈরাং পুম্বনা
কালেন থাগী কোইরৌগী
মাক্লবা মৈশা থাঙমেদা
পথ-থুইথ থাংজবা,
তাইবং পানবা পুম্বনা
'ইংবা উরুম থিরকপা.
ফনেক খোইথা শেংজিবী

য়াম্বী-থক্তা চংলিবী মুরানা
কোয়ৌ মৈশা খাঙওমদা
চয়েনা কোকথুমুরিবা
তাইবং জিব অমত্তনা
কোয়ৌছমবগী মশক উনিংলক্লুবদা
লৈপাক্লে কৌবী লৈয়াংগী
খোংলবা লৈয়াং লৈকানা,
থৌমু মুংগুম কল্লবা
মাল্লেম লৈয়োলবু তেমশিংনা
কাল্লেনগী মৈশামু থোশাদ
ফুগাইনা লৈশাং তম্নকপা,
তাইবংবু পাওতাক পীবরা ?
থৌনা কোবু তাকপরা ?
থাগৎনিঙতাইনি লৈয়াং !
'খাং কনবী লৈয়াং-ও
নংনা তাইবং কম্প্লাকথক্তগী মাংখিদুনা
থাজ কয়া লৈয়োম্নুংনা লোংলুবদি
কাল্লেন থাজবু তাইরুবরা,
কুলওন খুদিং লাক্লুমা,
নত্তৌ তমজোবু পাউমেনত্রা ?
তাইবং পানবা পুম্বনা
কোয়ৌগী মৈশা কৌছনা চেমরুবদা

লৈরাং মোমোল্লনা শাৎপমি
পাংদবা তাইবংবু নোক্লবরা ?
কাল্লেনগী লৈরাং লৈপাক্লে,
'য়াথবুম্হ নাচুংদবী ;
থোৎনা নৌরবী লৈকানা
কল্লবা ব্রজমকপুম্হ নমহৎপী,
লৈরাং থৌনাম্বু কল্লকই !
তাইবং লৈমাং-লক্তগী 'থাংকমবী ;
নংগী কোল্লোম্বু শৈশকে ;
কাল্লেনগী লৈরাং লৈপাক্লে।

---

## মরূপ কাম্লম্বা

পোক্লকখি,
মীওইমা মীরক্তা;
চাউরকখি মীওইবা শমাজদা
হবাওনা নোকখি মরূপ কয়া কংবগী।

শাৰমিন্নখি,
ইরুপ-ইপিজাশিংগা
লাইরিক তম্মীন্নখি স্কুলদা
কোইমীন্নখি, শান্নমীন্নখি মক্কম খুদিংদা।

চেন্থরকখি,
ভুরেলগী ঈচেলগুম,
মতমগী পুন্সি ঈচেলদা।
শান্নমিন্নখি ব্রারি থম্মোয়না পামজবা মহাক্কা।

শাৎলি,
শাৎকাইরক্লি লৈরাং!
শিঙত্তেল উশা 'মত্তদা
কেন্নখি 'স্মুক মাপী-মাগা মতম্মা য়োৌরক্লগা।

নোকখি,
হুয়াওনা নোকখি,
তাইবংগী মুত্তাইবা মরক্তা
নোকপা হৈখিত্রে গুসিাদ মহৌশাগুম।

কায়রবগী,
পুংকমন্থ য়োরক্লে!
পী তান্না কপ্পা মত্তমদো!
নোকপা হৈখিত্রে গুলিপ্সি চিনবাললে।

কায়নরি,
মথং–মথং লেপ্তুনা
ওসি 'মা চৎখি, হয়েং 'মা চৎখি
মফমসিদা অম্মুক হল্লক্লরোইদবা লমদমদা।

থংলমলবা,
'সুম্মা কায়নগনি!
শান্নরম্মোইদবনি মরুপ কম্নাগা!
'সুম্মা কায়নবগী মৈরিশে ফংগনি থংলম্নবা।

য়াত্রা ?
মুংশি হায়না থাম্নবা,
পী শিন্থনা ভেংথাজহৌবা নত্তনা
করি অম্মুক উপাই লৈরি, কায়নখিবত্তবনি।

নক্লক্লে,
ঐগীস্থু অরোইবদো
চৎলগনি ঐস্থু তাইবংদগী
অম্মুক হল্লক্লরোইদবা অহুৎপা লমদমদা।

কায়নরশি,
ওসি কায়নরশি
তৌরবনি পুন্সিগী 'রোইবা
বিদাই ; মীৎকী পী ময়িকা লোইনম্না।

লুরাংলৈ
ভুরেল মুংশিবী,
নঙগী তোর্ববান্দা চাওজখি
মুংশিদা, নঙদি লৈহৌখিদ্রে!
লোংমদি লোকখি, মরুপ কংবগী
ঙসিনা কপ্পী; মরুপ কায়নবগী।

---

লুরাংলৈ :— কৌমু চিংগী মাপোমদগী হৌয়রুগা লোইতাং খুল্লো কাওহনা চেহ্যখিবা অপিকপা মুরেল অমা।

# মীৎকী পা

মিংথৌ-লক্কী নিংথৌরেল
তাইবং পানবা পুম্বনা
কোক্কোম্লরিবা, য়োইবু-য়োইহেনবা,
তাইবং মাপেম ফম্পাক্তা
নংগী মীংলেমবু শোম্লরিবা।
নোংপোক্কী কোয়ৌশুম নতিক চাওরবা!
নোঙাল্লমদাইগী শজিক থবাশুম
নঙাল লৈবা, তয়ংবা!
নশেক-মঙালনা ফুদোংবা,
সনাগী মচুমক্কা মাইপুবা;
লুপাগী মঙমমক্কা মাঙমাইবা;
মনাই জিশিং-লকাবা
পুংজা চাকশিন মাইছনা
চাখোর শহস্র লাংলিবা
রাকচিংগী উনচু মৌওমদা,
কালেনগী মৈশাবন্থু মৈওমদা,
কোম্লুংগী সিংহাসন মথক্তা
তাম্হোইরিবা "নিংথৌরেল"
মঙল 'রাজ্য' চাউবা 'লায়নমী',

লংক্লেন–লংয়ুং ওইহৃনা
শাৱবা অহুগুম্বা চৱৈনা;
চৱৈ–নমথোয়রিবা।
ফজবা হায়বা জাত্তুনা
নওগী লৈতেং ওইরিবা,
মমল য়াম্বা হায়বা জাত্তুনা
নওগী মনাক্তা ছুংলিবা,
তাইবং কনানা চিনহুয়ূবা
ফওওমত্রবা অহুগুম্বা পোৎশক্তনা
নওগী মথেম–লাংলিবা,
ফজবা হৈরাং–লৈরাংনা
নওগী অকোয়বদা শাৎলিবা,
পীক্লবা তিন–কাও ফাওবনা
নওগী হকচাংদা থেঙওমজবা,
থাওশাং পাইবা লাম্নীশিংনা
মাইকৈ মরিদা মিৎকুপ্তনা ভাক্লিবা,
স্বা–লুপাগী লনগৈতনা
মশিং থিওমদা লৈরিবা,
তাইবং জিব কনানা
নম্মী য়ৌনা লেৎওমত্রবা
'হুজম্বা নিংথৌলক্তনী নিংথৌয়েন।
নিংথৌগী ওই-ওইননা ভাহোয়রিবী,

খরানমিচাক লিশিংলক্তগী থাজগুম
য়ানি লখালক্তগী অহেনখী,
নৌরে হায়বা লৈরাংনা
নঙগী মাইথোং উবদা
লৈনানক্কা লোৎলিবী,
শরত পুর্নিমা থাজগী
ঈংলবা মশেক–মণ্ডালনা
লৈচিলগী মরুমদা লোৎলিবী
মক্ল খুদিং লম্বানবী
অহুগুম্বা চরৈনা তনাল্লবী শম্নাংবু
কুপশিন্দূনা লোৎলিবা
মাইথোং য়োনা তারকপা চরৈবা
লৈচিলগী পা–খাম্নরবা মরোলনা
মেয়া–থাবলগী মাইথোংবু
খজিক খন্দুনা থম্বগুম
হৃবু ঈংনা মেংলবা
থাজগী মণ্ডালবু লোৎওমদা
লৈচিল্লক্তগী মশেক–মণ্ডালদা
শংমু ময়া থিন্দোরকপগুম
লুবখা লাইক্ক ঈরোম্নংদা
মনি–মুক্তা লোৎপগুম
লোৎওমদনা কাওদোকরক্লি,

মাইথোংগী মঙাল লময়োবা।
থরানম্মিচাক শিশিংলক্কনী
নিংথৌ ভুরেল অঙবী
অহিংগী লিক্লা চারবী
লৈরাংলক্কগী 'রেনবী
ঈয়াইদা শাৎপী থরোনা
নঙগী মাইথোং উবদা
ইক ই-শত্থম লাংলিবা ;
'হুগুম্বা য়াম্মিনি।
ময়ান গুনা ফুৎলবা অহুগুম্বা
চৌংহিনা শহান-লাংবগী
মুঙা শয়াং চৌংহি মনয়া চুরবা
লিরি হুবা মাঙ্কংবনা
তাইবং শিন্না চাইবদা,
লৈনম হেক্লে শোয়বী
কাক্কিগী লৈচাও-লৈয়েঙ্লা
ইকাই শত্থম লাংঙ্গরি।
লৈনম চাওবী চিনি চমম্প্রা,
তথেল্লে, শিঙ্গারৈ য়োনা
লৈরাং লৈনম লোৎচরি।
মুরা-শকক্ম লময়োবী
চংলবী থাং, তনোয়রবী নিংঙ্ক

চঠৈ ফাওনা ভাম্বোয়ক্লি ।
অচুগুম্বা হকচাং থক্তুনা
ভানা থেংনা শান্নবা ফংজন্নবদিকো
খনবদা মালয়ানা খোয়রাংলি ।
তাইবং অনিগুনা মীৎয়েং ফংব্রিবী
ভঙৌরবী খুবোম-খুরৈ
খোঙচেপ খোঙ-য়ানি.
তাংদা উজগে ফওব্রবা ।
মেমোস্তা নোক্লকপা মীনোক্লা
চুম্নথাং খনবগুম নিংথিবী
নংনা মৈরি ওইরগা
তাইবং পানবা পুম্বনা
মৈরি মুংদা চোংশিন্দুনা
ম্বাইবী থরাই থাবদা
হকচাংদা মৈশা ফাওননা
চোংশিন্দুনা শিবা ওমগনি ।
কোকিলগী খোঞ্জেল তাপদবৈ
নাকোং থাজৎলম্বা তাইবংপান
শিঞ্জেল খোঞ্জেল ফংবদা
কোকিলগী খোঞ্জেলম্র অয়েম্বদা ওইমতি
তাবীনবা লৈজনা অয়েম্বদা তিঅিব্রি
পঞ্চম গুম খোনজেলবু

খোনজেল শুদবশুম থন্নরি ।
তন্না কৌবী চেক্লানা
মুরা খোমজেল ভাবদা
পোম্বী খোনজেল লোৎতুনা
তুমীন্না চিংগী নাপোমদা য়াতারি ।
অয়াং অপা লৈত্রবী ;
খুৎতা তিংথোকপদা খুদিংমক ফংলিবী
'তিন্নানা শেকপীল ওইদুনা
পাল্লিবা নিংথৌয়েল-মহৈয়ানি 'নিদো
শিন্দবক্লে ওসিদি মীৎতা পী !
অরোম্ব অথম্বা নাইদনা !!
মোন্তেক মোন্দূম্না তিথাং ওইরক্নুনা
মথক্তা ফম্বা শুমব্রে
লেপ্পা লৈতনা চাকশিন্নকপা
থম্মোয় মুংগী মৈয়িনা ।
নিংথৌ-য়ানি অমিগী
নাইতোন পোকচবা মপারীনা
তাইবং তুংওইননা চৎপ্রবদা ।
অরা মৈথু ফংদবা
কাইনা ঈয়িক চোংদবা
নিংবা কাইবগী মৈশা ফংদবা
ওঃ তাইবং কনা লৈতবোই ।

# মীৎকী পী

ওসি শিম্বরক্সি মীৎকী পী
কুমগী লাকয়েন্না লাকপদা
অরৎপা লৈত্রবা নোংলিককুম
অরা অনা, কপা-নোকপা,
তাইবং পুম্বগী ওইরমলে।
কাল কোৎবা লাইছুগী খয়াৎতগী।
সনা লনগৈ,
লুপা লনগৈ পীদুনা
মচাবু কনবা কনবা ওমহৌদ্রমাল্লে
নিংথৌলক্কগী নিংথৌরেল মহাকন্দ।
শাক্সম-লানক্সমদা থৌরবা
লানজিং পুরেন কয়ানম্ব
খুজেং হৎচিং লাক্কনা
মুন্দুনা পুরকপা ওমখিত্রে;
অশিবগী খুবামতুংদগী।
নিংথৌরেল মহারানি অনিমক
গতি লৈত্রবা মচা ফাবিশ্রবা
শক্তি-শঙাইগুম চোং-কন্দুনা
তেংথা নাওইহুনা কপখ্রে
ওঃ অরা-ঈরিক চোংদবা
মীৎকী পী তাত্রিবা
তাইবং কনা লৈতবোই।

# লাম্মৈ

কোরৌহনবগী মঙালনা
তাইবং পাম্নবদগী মাংখিবা,
অমুবা মচুগী তুরিনা
মাল্লেম পুম্নবু শংজিল্লকপা-
থাশিরমদাইগী থাজনা
মতারোই থবানমিচাকশিংবু
হুংশি মীৎয়েংনা য়েংদুনা
কাইনা পীরাং শিন্থরকপা।
অচৌবা চিংগী চিংজাওশিংদা
লমগী লাম্মৈনা চাক্লকপা,
উরি-উপাল পুম্বনা
তনিক-তনিক থাংলকপা,
হে ! অহিংগী লাম্মৈ
নংদি 'হিংদতা চাক্লকই।
নম্মু-তাইবং কম্মাগী
খাম্বী মৈনা চাকপনো ?
নত্রগা বর্ম্মহা কৌবা লাইনা
'হিংগী মতম ওইবদা
চিংজাও থুদিং চৎতুনা
খাম্বী মৈবু মৈচুত্রা ?

হৌরকফম খংদনা, মীৎকুপ্তা
পাক্ল-শন্না শন্দোরকপা
লমজাও খোনবা লাইমেগী ।
খাম্বী মৈশা লাংবদা
লমদা য়াতাবা উচেক-য়াম্না
শঙ্গি-শঙ্গাই পুম্বনা
মাইরম নাইদনা শাখপনখ্রে !
মাইকৈ খংদনা চেন্নখ্রে !
খাম্বী মৈগী মৈঙালনা
চিংয়া-তমন্না, লোইবী-লোইয়া
মঙাল য়ৌনা শন্দোকখ্রে ।
ফুকেৎ-কাকেৎ ঙন্দলনা,
ঙাইখং শিন্না পাইরিবা
হায়য়ু কনাবু লমঙাকপনো ?
ও ! খংলে, খংলে
ঙাইবং পানবা পুন্নমক
অরেম্বদা লৈবা য়াদবোই ।
ঈশ্বরগী শিন্না তুংইন্না
মাগী-মাগী থৌ-পাঙনরিবনি ।
মাইকৈ মরিমক্তা লাইমেগী
মৈরিনা লাঙ্গোয় চনথ্রবা
অহুঙবা লানবন মন্নুংহুদা,

ভুপ্রেংলবী শক্তি মচা 'মঙ্গলগি
চেনবা নংহৌদনা লৈরম্মরে।
উপাই লৈত্রবা শক্তি মচাসিংনা
মিত্তা পীরাংবু শক্তিহনরকে
অহবু মতমনা হোৎলগা
মিংদু পীরাংনা তেংবাংবা
করিবু অর্থ লৈরক্নি ?
লমজাও খোজবা কায়দুশী
মৈচাক কল্লবা মৈরিবু
পীরাং অমুক চাইথনা
খাম্বী মুথৎপা ওয়রোই।
'তিয়াদা থোক্লিবা থবানবিদা শিংনা
তনিক-তনিক্লা থাংনক্লে
খাম্বী মৈশা খারম্মদা
পীরুবা শক্তি মচাদো
চোও কন্দুনা থাংলক্লে,
উপাই লৈররোই খঙলদুনা
তুম্মীন্না লৈরাইথক্তা কুম্বক্লে।
থলকই শক্তিসুগী রাথবদা
'খোংথাং অমত্তং লোৎথরোইরবা
পুন্সিগী অরোইবা ওইরবা'
মসিতবু হঙ্গিন-হঙ্গিন থলক্লে।

অমুক চোং-ফমখিদ্রে।
ঙংহুনা চাকশিনকপা মৈরিনা
হিংচাবানা ঙংবগা পান্দমদ্রে।
তথক্লবী মীৎশ্না অনিহুনা
নোংমদোল থক্তা অমুক্তং য়েংলকই,
ঙরি, কুমগী নোংনা
থরানমিচাকশিংবু খনজিন্দুনা পাইরিবা
অহুবু নোংলিক অমতংসু তারকখিদ্রে
উপাই অমতা লৈত্রবদা
অরোইবা 'হুতকু ঙাইহনা লৈখ্রে।

# ইন্থোপিরবী

ৈলৈরাংগী ৈলশক তান্নফম,
ৈহরাংগী মগুন উৎনফম,
ৈহনম–ৈলনম শিংনফম,
অহুগুম্বা তাইবং ৈলকোলনি।

ফজবশিংগীতা শেথাফম।
মুণ্ডাই য়াইফবশিংগীতা নোক্লফম।
মাইপাক্লবশিংগীতা হথাওফম!
অহুগুম্বা তাইবং ৈলকোলনি।

ৈলনম চেন্দ্রবী কবোকং,
ৈলশক হেন্দ্রবী,
লাইর মৈথু চুরবী 'শকথিবী'
নঙগী য়াওদে তাইবংপাল।

ৈলশক হেনবী তনৌবী,
কোরৌ মৈশা থাওত্তমদবী,
খুইথরবী, নঙগীদমক ব্রাবীনবা:
মশিং য়াত্তে য়াইফবি।

ঋতু তরুরুম্থু থৌগনশন্থু!
বশন্তা উলেন্নম্থু শেমশন্থু!
থাশি–পূর্ণিমানম্থু লংদাইশন্থু!
অমতনি লাইরবগী মফমদদি।

পূর্নিমাগী নীংথিরবী থাবলদু ;
'য়েম্বদা থোক্লুনা, 'য়েম্বদা তাথিনি ।
বশন্তগী হৈয়াং-লৈয়াংদু ;
অরেম্বদা শাৎতুনা, অরেম্বা কেম্বথিনি ।

ইনাক খুনবী, য়াংজবী,
লৈশক হেনবী, লৈনম চাওবী ;
য়াকচিংগী উনদু-উমবাংলোয়
কাল্লেমগী মৈশাদু য়ৌগমলোয় ।

মীৎয়েংকমদা শোয়রবা,
শকথিয়রবা ঐগী পুন্সি,
( শকথিবা কনাবু কৌবগে ? )
মরুপ তাংলবা মপোক্লি,
নাইতোম তায়রবা পুন্সিনি ।

অতুম-'য়াম নাইত্রবা,
বিচার লৈত্রবা ঈশ্বরগী
করিগী করম্বা দন্দিদো ;
তোল্লবা ঐনা হংলুবা য়াত্রা ?

শকথিবা নাইরবা কনাবু
তাইবং কনানা হুংশিবীগনি
কনানা মরুবা পাম্বগনি
তাইবংনা ইথোকপিরবীদি ঐহাক্তি।

# জীব 'মা

তাইবং মাল্লেম থক্তা ম্নাতাবা,
জীব লিশিং-লিশিংলক্তগী
জীব অমা।

তাইবং পানবশিবু শর্গ ওইহনবা!
মাল্লেমশিবু মচু কয়ান শংবা!
জীব 'মা।

ম্নাহিপ্পী-য়াতারি, মালেম থক্তা,
অতোম্পগী 'শোয়-'রানবা য়েংহনা;
জীব 'মা।

লিম্না চিকপগু লায়েংবা ওয়রে,
বৃশিচকী হৃত্নু চিংথোকপা ওম্নয়ে
জীব 'মা।

মহাক্কবু হেক-চিকে খনজ্রবা!
অমুক্তা হিংহৌরগগু লিশিংলক চিকনি;
জীব 'মা।

জীব পুন্নমক্তগী থ্যারবগী তমথীম্নবা!
হিংমীন্নশি ম্নাদবা, ওনশিন্দুনা চিকপা!
জীব 'মা।

লায়না লিপিং লায়পুবা,
মহৌশাগী খোঙচৎ হুয়াবু থুগাইবা ;
জীব 'মা ।

মীহৌ চাওবা, 'পেনবা লৈতবা,
সংশারশিবু মতোম-মতোমতগী ওইনিংবা;
জীব 'মা ।

পৃথিবীশিবু মচেৎ-মচেৎ কিম্বহনগে থৌরাংলিবা ;
তাইব'পানবশিবু লোইশিন্নবা থোরকপা ;
জীব 'মা।

সমুদ্রগী ঈপাক লান্না থোং-শাগে থনবা,
লৈচিল য়েনা তেন-কাপকে নিংবা,
জীব 'মা ।

থাজহল্লগা হাৎপা মীহাত্তা লময়ানবা !
অতোপ্পনা য়ারগা মশাগী হুন্ডাইবা ওইবা !
জীব 'মা ।

মীগী ঈ-থকপা শওমত্তু হুংশিনা লোইনবিরবদি
জগোয় শাহনবা য়াই, অদুবু ভাংনবা য়াদবা,
জীব 'মা ।

থাজবা থম্বা য়াদবা জীব 'মা !
বিশ্বাশ ঘাটনা থৌদা ওইবা !
জীব 'মা ।

মতোমতগী মুণ্ডাইবা থিববা,
পৃথিবীশিবু মচেৎ-তাইনগে খনবা !
জীব 'মা

পীগী লাং থাক্তুনা অতোপ্পবু থুহল্লগা,
থম্মোয় পেন্না নোক্তুনা য়েংবা পাম্বা
জীব 'মা ।

তাইবং শেম্বা ঈশ্বর মহাক্না
মাল্লেমশিবু লোইশিনগে থন্না থারকপা
জীব 'মা ।

তাইবংপানবশিংবু মচু লিশিংনা শংবা,
তৈকোল-লৈকোল, ফুরা-দলান শেমহন্না,
চাওখৎপগী অয়োইবদা পুখৎলগা
তাইবংপানবসিবু উফুগ তাইনগদোরিবশিগু
অতোপ্পা অমতনা নত্তে ; নখুত্তনি নহাক্কী
জীব 'মা ।



# লাইধিবী

মুমিদাং ব্রাইরমগী মতমদা
লাইধি শাম্নে.
অঙাং শঙ্গু 'মনা.
লাইধি লুবাক থাংদোক্নুনা।
ফিজেৎনা শাবা লাইধিশিং
শেৎপীনিংবা ফীজেৎনা লৈতেংহুনা
ওইহন্নীংবত্তমক ওইহল্লি,
'মুপা' 'মুপা'
লাইরবা—ইনাকথুনবা শেমদোকপি;
ফজবা—'থিবা নাইহনবী
ফীজেৎনা শাবা লাইধিবীশিংদা।
মথুৎনা পাইবা লাইধিশিং :
মথুৎ—মথু থাংজিন্নহুনা
ব্রারী শান্নবী শান্নমিন্নে।
করিস্থ থংলুবা নত্তে
ফীজেৎকী লাইধিবীশিং 'হুনা
অরা—মুঙাই
ফজবা 'হুবু
লাইধিবী শান্নরিবা অঙাংশিংহুনা

নোকই,
লাইথিবীনা নোকপগুম।
কপ্পী,
লাইধীবিন্থু শাছনা।
'হুবু করিগ্নু খংদে লাইথিবী
ফিজেৎনা শাবনি মহাক্তি!
মীঙ্গো-মিংকম শেমজিল্লি,
কৌরেন্ন,
ইচে, ইনে, ইপু, ইবেন
চৎলিবা-চেল্লিবা খুদিংমক
'ঙাংশিংহনা ভোৱান।
লাইথিবী অমা
শিহল্লি,
খর 'মনা কপহল্লি!
কমানস্থু মাঙজোমনা খংলুবা নত্তে
করম্বনা শিহনগনি, করম্বনা নাহনগনি।
'ঙাংশিংহুগী খুদক্তা লাকপা
রাখলনি।
'মুক-মুমিদাং নাইহল্লি।
লুপ্লোংবী শান্নে!
মমল লৈত্রবা কীজেৎকী লাইথিবীশিংদো;

মমল নাইত্রবা পোৎশক কয়ান্মুক্কা
চাওদম্মনবা হোৎলৈ ।
ধর্ম্ম, জাৎ–বীজাতি থাইদোকই,
'মগা-'মগা খৎনহল্লি,
চৈনহল্লি ।
লোয়শিনিংবা মতমদা
লুবাক্লুংদা হাপচিল্লুনা পুখিনি
থম্মিংবদা থত্রুগনি !
কমানা খংল্লুবা ওমগবা !

---

## থম্বাল

কুমগী লাকথেন্না লাকপনা
নোংশিজকপা লাইজনা
পাৎ–তুরেল পাক্কুবদা,
ঈমায চোল্লবা পুথ্রিদা
মাল্লেমমতুংদা ঙাহিল্লবা
থম্বৌ কৌবী ভঙৌবী,

লাইঙ্গ ঈরোম্নুংদগী শাফোংলক্লে
ঙসি তাইবং পানবদা।
থরো মীংফম লোদূনা
থম্না খেনজোং মরক্তা।
মৌগী খোঙফেন হুল্লকপা
ঙরাংতা ঙাইরিবী মুজানা
ইকায় শল্লুম লাংহুনা
কোক্তা চরৈবু খুমহনস্থ
মাইথোং খজিক ফাৎপদা
মাইথোংগী মঙাল লোৎঙমদবগুম
শাৎকায়বক্লে থম্নাল ওইনা।
'রা—মুংঙাইগী খোঙচৎতা,
বশন্থা—উল্লেনগী কুমদাইদা,
উল্লেন্দা মরু কোকখ্রবা
শকথংনরুদ্রবী লৈরাংশিং ;
শকতাক্লরক্লে 'ঐনি' 'ঐনি' হায়না।
ঈকং থাদা মাংখ্রবা থম্বালনা
থম্বৌ মীংফম লোহুনা লৈরোম্নুংদা
কুমগী লাইজনা পারবা
পুখ্রিদা থম্বাল শাৎলকপা
কনানা থিংলুবা ঙমগবা ?
'চুম্বা কৌবা মহাকনা

মাংগ্রবস্নু করিগুম্বদা
লৈরোন চনশিন্দুনা মতম কয়া
থম্বোগুম মচু মাংফরোই ।
নোংমা ঋতু মতম ওইবদা
তাইবংদা লৈশাং তম্নকপা
লৈরাং লৈশক কাওম্নরোই
ঋতুগী লৈমাং ওইবনা
য়াংলেন মীৎকুপকী লোৎপনি
নোংমা লৈরাং–লৈশক উবদা
লৈমাং নংবু হেক্তুনা
ঈশ্বরগী খুয়াদা কৎকনি।"

---

# তাইবং লৈকোল

তাইবং লৈকোলদা শাৎলিবা
লৈচু লিশিং লৈপানবা
শাৎপা কেনবনা থৌ-ওইবা,
পোকপা শিবনা থৌ নাইবা

ভাইষং লৈকোল 'শিদা
নঙগীদমক শাৎতুনা ;
নঙগীদমক্তা কেনবনি ।
লৈহাও-লৈরেনসু লৈরাংনি,
কবোকংসু লৈরাংনি,
লৈশক খেৎনবতনি : লৈচু ভিন্নদবতনি
কনাগীনা থোনা হেন্দুনা
কনাগীনা থোদা ভারিবা
লৈকোলগী লৈরাং অমত্তা
অবেম্বা মত্তে শাৎলিবা।
লৈরাংবু লৈখোক্তগী হেক্তুনা
শিঙতেলবু লৈপান্দগী মন্দুনা
করম্বা লৈরাংনা,
ঈশ্বরগী থোগল ফংগনি ;
কনানা হাযরুবা ভমগবা ?
শুরুপনরবা লৈকোলদগী
মঙনা পাম্বতং হেক্তুনা
নাপ্পগী নাচোম ওইবনি,
হেকপিত্রবা লৈরাংশিংনা,
লৈরাং লৈখোক লোইবদা ;
লৈমাইথক্তা কেনবসি ।
শাৎপা কেনবনি খোঙচত্তা

লৈরাং নঙনা কেনখ্রবস্ন
কুমগী মতম্না ওইবদা
লাইজ খিকফেন ফংবদা
হৈরু-লৈরু মরক্তগী
অনৌবা ময়োল চোঙলক্তুনা
ওইরমগনি লৈরাং লৈশাং তমলকপা।
কয়া অমমা কেনখিবা,
কয়া অমনা শাংলকপা,
কয়া অমনা পোম্লকপা ;
মথল মথেল লৈকোলনি।
লৈরাং নঙনা কেনবনা
শিবা নাই তাকপনি।
লৈরাং লৈশক-লৈচুদি মাংকরোই
নঙদনি কেঙ্খিবা,
পোম্লমবা কয়ানা শাংকাইরক্তুনা
লৈরাং লৈশক-লৈচু তাক্কনি।
পৃথিবীনা লৈরিবমখৈ
লৈরাং-লৈশাং তমখিনি,
মালেম লৈহাও চেনবীনি।

---

# লম্বী

"কদোমদনে খোঙদোয় ছুম্লিবা,
করম্বা লম্বীনো থম্লিবা !
ঙাইখোনে মীংকুপ অমত্তা,
থনখোনে চংকদবা লম্বীদো ;
থনম্বনা চংজফম ওইয়ুনে
থম্মোয়দা থলকপা খুদিংগী ।
অশুম্বা ভক্তনা লাওরি
'হল ওইরবা নিপা অহনা
কাঙদোকখিবা লম্বী অহগী
লম্বী চিদায়দা লেপ্তুনা ।
লম্বী চংপা পুম্নমকপু
থম্মোয় শোক্না য়েংলগা
নিংবা কায়বগী শ্বরনা
নিংশা ফুইনা হোন্দুনা ।
"অশোংবা লম্বী অসিনা
অচুম্বা কৌবা লম্বীছনি,
অকোনবগী লম্বী অসিনা
অরানবা হায়বা লম্বীছনি
খুদিংমক্না চংখিবনা কোকপনি ।

চৎলু অশোঙবা লম্বীশিদা
খোঙগী খোঙকম পরেংতনা
শেংদোকউনে শোংলবা লম্বীসে।
য়ুশম্নুনে খোঙদা তিঙ্খং
থোকশম্নুনে ঈ, মহু থাঙডু,
অৱাবা কয়া থাঙবা ঙম্নগা
শৈশক্লগনিনে অরোয়বদা নহাকপু;
লম্বীশিদা চৎথিবা ঙাক্তমিনে,
তাইবং পানবনা শোন্নরিবা
য়েঙঙু-য়েঙঙু পাম্মেলশে
তগৎ-তগৎ তেক্লা উরিবা,
য়েঙঙু অতোপ্পা অমনা
শিরুম-নারুম হৌরিবা,
অহুবু মপান-মরা তাপ্রবনি
ময়েক শেংদ্রবা পাম্মেলশে
মীৎকুপ-পুংজা থুদিংগী
মনা-মশা চোংহনা
মপুং মরৈ ফারক্লনি।
লৈহৌ ফনা উরম্বা পাম্মেলহনা
কোরৌ মৈশা ফংবদা
পখ-থুইথরক্লনি;
অরানবা হায়বহুদি

## চোয়জাইমন্না লৈরাং

তগৎ তগৎ তেক্না উহন্নু
মশানা থাবা পাম্মোননি ; হে । যাত্রিকা
খোঙকাপ হুরা তম্মোনে
অশোঙবা নকী অমিদা,
শৈশকপনি নঙনু পেংলোয়রা ;
লমথুংবম্মা ত্রৌবগা ।

---

## মীতাংবগী লৈবাক

মিং উববা মীতাংবশিনী
লৈবাক অমা
মীতাংবা শিংতনা
থুংলিজবা
মীতাংবা
সমাজ
অহুনা
মীতাংবনা
নিংথৌ

ওই ।

পন্দিতনি

থোক্লকই

'খং-অহৈ

শামৈ,

অমগা-'মগা

মীত্তাংরা খ্রিংদো

থোংদা

খুত্তা

কয়িকুয়া 'মা

থেংয়া

যাদ্রে

থেংনুরগা

হেকমকু

লেপয়োকুই

অহুল্লি,

অদানি,

থেৎনৈ :

অমগা-'মগা

অমনা ছাই,

'অহুনি'

অমনা ছাই,

'অঙ্গানি'
'চুম্মীগা'
'লাল্লিগা'
হায়নৈ,
মানা-মানা
নিংবা,
হায়নিংবা মথৈ ।
মীত্তাংবা
কাংবুহুনা
হায়নথিবা,
পীন্নথিবা,
য়েংনথিবা,
শামুগী
মওং
মতৌ
'হুগুম ।
য়েংনৈ
করিস্নু
থংত্রবা
মমিং
উত্রবা
মীত্তাংবশিংদো

পোকচৈদপী

য়াওজরক্লবা

নহৌশাগী

'হুগুম্বা

মপোক্তা

পোক্লগা

'খংবা

শাগ্নিবা

অঙকপ্পনিদকো।

নঙতনা

ঙম্লগা

পেঞ্জবা

পুম্নমকী

মকোক

ওইনিংবা

হে মীত্তাংবশা

য়েংলম্লনা মোক্লি-এ নখোয়্‌বু

মীৎ উবা মহাক্ত্না

হা! হা! হা!

হা! হা!

হা!

# নতুং ইঙ্গুরক্কে

অথোৌবা নতুং ইঙ্গবক্কে !
'হিংগী মতম্‌গী য়োৌশিল্লকপা,
ভাইবংবু 'মম্বনা য়োংশিল্লকপদা !
মৈবাগী শক্তম লৌহুনা,
তাইবংবু মঙাল পীখিবা ;
মম্লবা ঈরৈবাক 'শিবু
মোঙঙালহনখিবা, ঙালহনখিবা !!
লৈত্রেক চৎলবা ভারতকী
মালেম লৈমাইথক্তা,
কংথোকপতনা শাগৎলবা পুন্সিগী
থৌজালগী ঈরিকমক্তনা ;
কুমগী নোংলিক ওইহুনা,
ঈরৈবাকপু ফ্লেনিং হুলহনখিবা !!
খুৎলায় পাইবা লাম্মীবু
খুত্তগী খুৎলায় থাদহনখিবা ;
থম্মোই পানবা মীমুংশি খংবা,
মীওইববু ক্ময় তৌবদা :
খুৎলায়গী থৌ-লৈতে খনখিবা ।

খম্মোইবু খম্মোইতনা।
জন্ম তৌগদবনি, তাকখিবা
হুংশিবা নতুং ইজরক্লে ।
খরাইতগী খনবদা,
লোম্বোক্রুবা ওইরবা !
খোমলেন তুঙখুল তাম্নিবা,
ভারত বার্শি পুম্ববু
যাকাই শৈরোল শক্তনা
খম্মোয় য়াকাইহনখিবা ;
মীবু নমহৎতুনা থম্বা পাম্বা,
মীবু মীঃমাই ওইহমনিংবা
মীওইবশিংবু তেমশিংনহনা,
য়োক্লিং চল্লবী ইমাগী
য়োক্লিং কনাও ককখিবা !
'হিংশাতনা থাওশাং ওইখিবা,
নতগী নপেক নহাপতনা
কোরৌ মশক ওইহনা
ঈরৈবাক্লা তানহৌরি !!
ঈরৈবাকীদমক পোক্তনা
ঈরৈবাকীদমক থরাই থাখিবা.
নঙনা থাংখিবা থোঙ্গাংদা,
নঙগী থোজ্জল লিক্লনা
'থৌবা, নতুং ইজরকে !!

# অপেনবা

খুঙংগী লম্বী অমদা
মখুত্তা চৈঙ্গু পাইরবা
মিংত্তাংবা অহংগ 'খা
মা—মারকুনা চংল্লি !
চৈঙুনা লমজিংলি মহাকপু ;
চরৈ ফিঙু মোংলে !
মাইথোংঙ্গু তনান-তনানদ্রে !
কন্না থৌরকপা কার 'মনা,
থেঙ্গায়দৌই ; খাম্মী মনাক্তা ।
হৌনা লাওরকই 'মনা,
"শিরোইদ্রা, মিংত্তাংবা
মীমানদ্রে খঙসবদি
করিগী লম্বীদা চংলিবা ।"
মখোলদি শেংনা তাই ।
মশক্তি উরুদে মিংত্তাংবা ;
পাওখুমদি খুনা শানিংবনি ;
"থবক্তী শিনশং অমিদা
শিঙ্গিবনবে অদৌ লোমজি,
অহুনা চংজিনজি পোখাঙনা ।"

অহুবু চঙরনা লৈ ;
হোনোল খোংজিলকই ।
থম্মোয়রদা খঙহৌদনা তনিক্লকখি !
নিংশিংবগী ঈচেলনা
হুঙৎতুনা চেনখৎলক্‌না,
অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদো
য়োরকখি ; 'খোনজেন অদো'
তোয়না তাপ্লবগুম তৌই ।
অঙনবা কয়া লৈহুনস্ল
পুন্সিগী অয়ুক য়ুমিদাংদা.
লোয়নহুনবা লৈখিবা
মীশক অমগী খোনজেলবু
করম্না তরাইনা কাওরমনি ।
খঙকৌ কৌরকই !
"মরূপ বোজস্র"
কার মলুংদগী নিশা 'মনা
চেনশিল্লক্‌না কৌল্লি
মমিতগী মগী ভারকখি !
"মরূপ তৌরিমসিবু করিমো ?"
মিৎত্তাংবনা খুম্লকই,
"মরূপ মমিমক অপেনবনি"
"মরূপ মরূপ্‌, থিজমকপনি

উন্নখিদবা মতম কুইরে,
লন তাংদুনা কুইনা লৈরুরে,
পুন্সিগী অয়োইবহু নকপিলক্লবসিদা
মরুপ উন্ননিংহুনা লাকপনি।"
মিত্তাংবনা খোমজেল নিংলহুনা হায়রকই ;
"মরুপ অঙাং ওইরিবৈদো
লাইরিক-থাউ নাকলদা লেপ্পুনা
লাইরিক তম্বা চৎমিন্নখিবা।
চিংয়াগী লমহাংদা
চেম্ন-চোংনা শান্নখিবা !
চৌংগী-চৌংয়াংদা কাহুনা
লমগী হৈরাং চামিন্নখিবা !
পুম্নমক কাওরক্রা মরুপ্"
অহল ওইরবা বোজেল্ল
অহিক্লনা হায়রকই,
"কাওরুরবস্থ নিংশিংলক্রে !
নিংশিংবহুমা কপহল্লি !
মুংশিদরা মতমদো থল্লুবদা ?"
"মুংশি, হল্লকখোদি য়ায়রোই !
উবগী শক্তি মাংখিবস্থ
কুমজা মশিং য়াম্নকক্রে,
মহৌশাগী খুজংশে লোইনমক

মত্তমগী অওনবা মরক্তা হোংথ্রক্রা
অমুক্তং য়েংলগা ভন্বীযু ।"
"থজিক হোংথ্রবস্রু পুন্নমক
ইকায় কায়দনা লৈরি,
অহুগমে মরূপ ;
পুনমক কন্দয়া ওইথিবনো ?
অমুক্তং পাঙদমবিয়ু মরূপ !!"
অহল ওইরবা শিক্তাংবনা
নিঙমদনা থুয়কই,
"নহাক্না ইমা পাবুংগা লোয়ননা
সহরদা চংথ্রবা মতুং
ঐদি ইমা পাবুংগা
থুঙংসিদা অশুমক লৈতোই !
মতম মাগী ইক্তেলদা ;
পোকপা শিবগী থোঙচত্তা
পাবুং লৈথিত্রে !
ঐনা পাথং কায়কপদা
পী মরিক থক্সাং শিম্ফশিন্নরগা
পলেম ইমাগন্থু কান্নমল্লে !
মপোকশিমগী—ওইনা !
মরূপকী লৈকয়থ্থ খওদখনা
সহরদা লাক্ল্রে, অহবু

মরুপ্প থিবগু ফংত্রে।
মমৈদা মসিমক্তং লেপ্লে,
পোকপগী ইথৌ পাংলগে।
হাখল অসিনা লমজিংহনা
ফনা লৈজরবা তোল্লবা মীতাংলবা
অতাং অমগী মফমদা
ইমিং অনিমক দান তৌথি !
ঐগী অপেনবা ফংত্রে।"
পীরাংতনা মিৎমা শারবা
ব্রোজেন্দ্রনা হায়রকই,
"অপেনবা লৈত্রবা মীওইপোক্তা
সনা-লুপা কয়া তান্দুনা
মীওইবগী অপেনবদি ওইদেদো !
মীনা সনানা চিনমেল্লবা
ফিশেনা ফিরোইনবা উরুরবমু
ফিবোং অমতং শেত্তুনা
থশ্মোয় পেল্লবা ওমবা
মহুতনা অপেনবা ফংগনি !
লাক্রো চৎলসি হৌজিক্তি
ঐগা লোয়ননা লৈরুরশি।"
মিত্তাংবনা খুম্মকই ;
"নত্তে মরুপ,

ঐগী থৌদাং লোয়ত্রি,
তাইবং লানফম ময়ায়শিদা !
শিত্রিফাওবগী লাম্মীনি ঐখোয় ।
নিমিগী লাকপা পুন্সিদা
কায়মবগী মতম য়ৌরক্রে !
মিৎকুপকী খোঙলোয়নি পুন্নমক ;
ওসি উন্নরিবসিনা,
মপোক অসিমগী
অরোয়বা ওইখিবত্ত ময়ারে !
মথংগী মপোক লাওঙোল 'বা
ছায়বত্তুনা লৈরবা থোক্লবা
পোকমিন্নত্তুনা অমুক থেংনসি !!"
অত্তুয়া কোল্লিবত্ত থাদোক্রে,
পিরোইন্ননা বিদাই পীরক্রে।
পীরাংজনা বিদাই তৌনবা
অসিগুম্বা সংশার 'সিদা,
পীতনা মাইথোং চোৎলবা
অমল অদো,
তপ্না গাড়ী থৌক্রে ।
অহল ওইরবা ব্রোজেন্দ্র
গাড়ীগী থোংনাওদা য়েংলি ;

অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নমিন্নরম্বা
চিংয়া-তময়াশিং য়েংন-য়েংনা
তপনা-তপনা চেনখিহনা
গাড়ীগী খোঙ্গেল অদো
মীতাংবগী নাপ্পদগী মাংখ্রে।
অহল ওইরবা মিত্তাংবদো
চৈগুনা মার-মারহনা
অমুক চৎপা হৌখ্রে !!

---

## নোং-হুৎশিৎ

ওসি ঈহৌকন্না হৌরক্রে
নোং·হুশিৎ অমা।
তাইবংপানবা 'সিবু
হুমহনা পুথ্রগে মতাংগুম।
উপাল-রাপাল পুবন্থু
উতোলনা লৈমাই শোক্লক্রে।
উন্না-রানা পুখনা

মাইকৈ শলাই থংদনা,
মাইকৈ–মাইরম নাইদনা
মালং মতুং ইন্নরি ।
উচেক-ব্রায়া পুম্বমা
কাইদোংকম লৈখিত্রে ।
মকোল হুমদোকপিগ্রবা
পোম্বী চেক্লা অপুম্বনা
থম্মোয় শোক্লা তেঙথারি ।
মীকপ মীয়াওখোলহনা
তাইবং পানবা 'সিবু
লানকম মথাইগুম নিংহল্লে ।
অহুবু নোং–সুংশিংতি
হেমা-হেন্না কল্লক্লে,
তাইবং পৃথিবী 'সিবু
হুমহুদা পুখ্রগে মতাগুম ।
তাইবং পানবা পুম্নমক
থরাই ব্রাদবা ওয়থিত্রে !
অয়াঙ্গা চিংগী চিংয়াংদা
মচিজ্বাক থিবা চৎলুবা,
য়ুমদা য়োকপা য়ুমশাশিং
মম্মৈ থেকতুনা চেন্নক্লে
চাক্তমিন্নরবশিংগীহু খঙ্গমত্রে

পিক্লিবা মচাবুসু য়েংলমগে
মাগী-মাগী থবাইতগী
মকোল-মকোল ভমহনা
ভমজবী শক্তি পূথোক্লুনা
চেমরক্লে শা-ষন পুম্নমক ।
মুংশিবা হায়বশিবু কম্মিনো ?
লৌনমনি, নমথাক্লি, ওইদবা
মীমুংশিগী ঈচেল হায়বহূসু
মীৎকুপসিদদি ঈচেল থমগ্রে
মুংশিবা হায়বা অশেংবা
অমামুক লৈরবা ভাম্বা
ঈচেল ভৎলয়োয়দবনি,
খুদোংথিরবা মীৎকুপসিদসু ;
অশেংবা মুংশিবা হায়বহূদি
তাইবং পানবসিদা লৈতয়ে ।
মুংশিনরিবা চান্নরিবা খুদিংমক
গ্রামাগী ভৈজ মথক্তা
কো-ষ্টার ওইরিবা,
শক্তম লাংলিবা
নায়ক-নায়িকা অনিগী
মুংশিন্নবগী মতৌনি !
ভাংন্নরিবা-শান্নরিবা পূরমক

লিল্লানি, ডাইলোগনি ।
খল্লিবা য়ুখলগী ৱাংমদনা
ইতোপ-তোপ্পা মওংনি ;
য়ুখলগী নাকল অনিদা
শান্নরিবা লিল্লা অহুনি
তাইবং পানবা পুম্বনা
তাইবং ফম্প্যাকথকশিদা শান্নরিবা ।
য়ুখলগী নাকল অমদনা
সুংশিনরিবা শাবী-শানৌ,
অতোপ্পা নাকল অমদনা
পুন্সি কাববারগী খোঙবুনি ।
লেপ্পা লৈতবা শিংলক্লে
নোং-সুংশিং অমা !
'থাক-'ৱাওগা লোইননা,
শরক শিদনা চুরিবা
অকনবা নোংগা লোইননা ;
ওসি হৌরক্লে নোং-সুংশিং ।
লমদা চাওবা জিবশিং
শজি-শঙ্গাই পুম্বসু
নোং-সুংশিত্তা থাঙমদা
পাম্মেল মরুমদা থুপ্পী-এ ।
শাগী নিংথৌনি হায়নরিবা

পাঙ্গল্লবা নোংশা ফাওবদা
থৌনা ফবা ঙমখিদ্রে
তুম্মিন্না কুন্দুনা লৈখ্রে ;
প্রকৃতিগী লানশে য়েংহুনা
থম্মোয়দা মীপাইবা পোকখ্রে।
তাইবং জিব মবক্তগী
মশানা মিংথৌনি খঞ্জবা
তাইবং মীওইবা কৌবস্ু
অম্মুক মপাম থোক্লকখিদ্রে
ইম্মুঙদা নিক্তুনা খাঙখ্রে।
ঙ্কিভম চুমদবা মখোঙ শোল্লবা
খাঙপোকশিংনা তুরক্লে !
উপাল-ব্রাপল পুম্বস্থ
তকিত-তকিক্লা খাঙখ্রে !
অতুবু নোং-মুংশিৎকি লেপখিদ্রে
হেন্না-হেন্না কমথৎলক্লে
তাইবংপানশিবু হুমদোক্তুনা
পুথ্রগে হায়বা মতাঙম,
নোং-মুংশিৎ অমা।

---

# অহিংগী লম্বী

অহিংনি-'হিং, তাইবংপানবা পুম্নমক
অমম্বত্তনা কুপথ্রবা,
অমম্বা ফিজত্তনা খনথ্রবা;
করিমতা উখিদ্রবা।
অহিংনি-'হিং, মাইকৈ মরিমক মমথ্রবা
করি লৈরমগদগে খনবদা
খোঙকম অমত্তা কাওবদা
নিংতম্না থাংবা ঙমজবা।
চৈনা ফংলবা মতমদতা খোঙফম শোইয়ে
থংজবা, ওন্না-খোয়না
অরা-চৈনা খাঙজবা;
মেৎত্রিবৈদদি খঙলুদে।
অহিংগী অমম্বা ময়কশিদা ঙসি চৎলি
তাইবং পানবা পুম্নমক!
নুমিৎ মে তাবদগী,
মোং-তান্দ্রবীকাওবগী 'মথদা।
মৈরা অমত্তম্ম য়াওদে, মৈতাল অমত্তনু ফংদে,
ঙমি চৎলি 'লেপ্তনা
'হিংগী লম্বীদা,

'য়োইবন্থ য়োৗনম্নবা।
মাইকৈ মরিমক্ত শুরুপনরবা অমম্বতনা কুপখ্রে!
করি 'মত্তা থংত্রে!
'কোয়বগী পোৎশক 'মত্ত,
'মম্বা মরক শিদা।
খোঙফম 'মত্তং শোইনা হেক থাংখিবদা
করি ওইগনি পুন্সি!
কোম 'মদা ভাখিবা য়াই,
পুন্সিগী কাবা ওমলোইদবা।
অহিংগী 'মম্বা; মাইকৈলেপ্পা ওমত্রবা মকমশিদ।
মাইকৈ থংদনা চৎল্লি,
লেপ্পা হায়বন্থ য়াদনা,
মথোং—মরম থংদনা।
ঈঙা থাশিগী 'ছিংনি; থাজন্স খোত্রুবা!
থরানমীচাকস্সু উত্রবা!
নোঙথাং ফাওবদা কুপত্রবা!
'মম্বতনা কুপব্রবা।
অম্মমক চৎলি; লেপ্পা হায়বন্থদি নৈতনা,
মাইকৈ-মথোং থঙদনা,
কদোমদনোস্সু থংদে,
করিগীনোস্স থংদে।
অদুবু খোঙথাংদি লেপ্তরি; মপুগী ভুংইরম্নিবা

তাওবা হুইগুন
মরম 'মা খংদনা
'হুমক লেপ্পা লৈতনা।

চৎলি তাইবংপানবা পুম্নমক লেপ্পা লৈতনা!
মান-মামা পামজবা লম্বীদা,
চৎনিং-চৎনিংবা লম্বীদা,
লম্বী-লিশিংদা তোঙান্না

লম্বীতনি খেৎন্নরিবা, চৎনিংবমখৈ চৎলুরবস্নু
লমথুংফমদা লাকনি,
লমথুংফমদি 'মত্তনি,
লম্বীতবু খেংনরনি।

ইৃদোম লাকপনি, করিস্নু পুদনা হনখিনি,
'মশ্বা মফম খংদবসিদা লৈরম্বনি,
মফম খংদবসিদা লোইখিনি।
হৃংফম কনাস্নু লৈরোই
কদাইদগী লাকপনো? করিগী লাকপনো?
থাওচাক য়াওরবা থাওমৈবু
মঙালনা থাদোক্লনা চৎখিবগুম
মফম খংদনা চৎখিনি;
রাহংত হৃংগনি, পাউখুমদি ফংলোই,
ইৃদোমতগী খোংচৎনি, ইপাং য়াওদবা
'হিংগী লম্বীনি,
মশ্বা ম...শিদা মাংখিগনি
মফম খংদনা।

লোইরবা

